হেক তারক্কদবা ওইনা লৈরিবনি। সমাজকী মকোক ওইনা চেন চোংঙিবা কাংবুসিং অফবা থবক কয়া পায়খৎখিবগীতমক মীপুম খুদিংনা শোন্নবা থেংনৈ। অমরোমদা হনচক ঙাচক শাদুনা লৈকায খুল্লকতা ফরক তাহনবগীদমক তাখিনবা যাউদবসু নত্তে। মশা মশা ঙাকথোকতুনা শিংনা চৎপগীদমক সমাজকী লুচিংবাশিংদা হেন্না হেন্না থেঙ্নদবা নত্তে। করি করিগুম্বা মশাগী পাংথোকপা ঙমদবা অদু কুপশিনবগীদমক অমসুং লুচিং পুরেনগী ফমদি থাদোকনিংদবা মরম ওইদুনা নমহানা অকন অরিং শিংনদুনা হৌগৎলকলিবা লাইরিক লাইগু হৈবা নহারোলশিংবুসু মকোকতা তিন চংহনবিরে। মকোক তিন চংহল্লবনিনা ঙাংনা শাকনবা য়ানদ্রে। পবা থারম্বা অদুগী মখাদা চৎথবা যানদ্রে, কয়াতা ফরক তানববা। মতাংসিদা চানাচুনবা থোকপা ইংরেজী ডেইলি নিউজ পেপার অমদা অসুম্না থেংনখি 'Some body can mistake for some days or Some body can mistake forever, even everybody can mistake for some days but everybody cannot mistake forevere' ফরবসু মীতৈ, ফত্রবসু মীতৈগী ওইবা ইহুন অমদি হায়নরিবনি- হৌজিক্কী নহারোল মনুংদা মতিক মগুণ চাওবা যাম্না চোংথোকনবকপা থেংনরে। মখোয়বু নমথদুনা থম্বা হাযবসি ঙমফম থোকতে। থিজল্লুবগা মীতৈগী মনুংদা অল্লাৎপা লৈতে। হোৎনরগা, থিরগা ঐখোয়গী মনুংদগী লোইনা থোরক্কদবঙাক ওইনা তৌরিবা অসিবু মতিক চানা তাক তিকপা অমা য়াউনা অমম্বা লম্বী পুম্নমক নমখাযদুনা অঙানবগী লম্বীদা নহাবোলশিংনা পুখৎলকপা ঙমগনী হাযনা থাজবা থম্মি। নহারোলশিংনা মশা মশাবু অতৈগু হেন্না চেকশিন্না ইকচবমদি চংগনি। মীতৈ মচামা ওইনা মীতৈগী অফবা পামদবা হৌনদে - অমমবা পাওতাক পিবা, পৈশা চৎতবা মশিং থিদুনা শানবা, মীগি কোকতা তিন চংহম্বা কাংবুদগী খরা থাপনা লৈথোকপনা ফৈ। সমাজকী লুচিংবশিংনা নহারোলবু মাইকৈ চুম্না মমাই লৈবিবা, অচুম্বা লম্বী পাংনা চৎহন্নবা শিনবিবা হৌজিক ফাওবা ঙমদ্রি। অখং অহৈ অহন ওইবশিংনা হৌজিক্কী শুবোনশিংবু তুংগী শুরোনগীদমক মতিক চাবা লুচিংবা অমা শেমগৎথনিংবগী মওং উবা ফংদে। মশাগীদমক ওইজতবা খন্‌বা কাংবু অমনা অনৌবা শুবোনশিংদা লুচিংবা পোকলকতনবা শিনজনবনি। নহারোলনা তুংগী মপি মপা অমা ওইরক্কদবা অদুবু শৌগৎপিবিদবা হাযবসি ফুরুপ অদুগী চাওখৎ খোংথাং কযা শোম্বহনবনি। নহাবোল হৌরকলিবা শুবোন্নসু মথক থোঙবা অহনশিংবুসু ইকাই খুম্নবা উৎপিদবা হাযবসিসু চাওখ্রবা মরাল অমনি। অমনা অমবু ইকাই খুম্নবা উৎতবা অসি লমদম অসিদা চৎনবা ওইনা তৌরি' মসিমক ওইফম থোকতে, য়াম্না ইকাইনিঙাইনি। মশা মশানা অঙম্বদা সমাজপু চাওখৎনবনি বন্না শুখিবা থবকশিংদা মাই পাকখিদবা খরা যাউবিবনি। অফবা থবকশিং অদু ফাওদি থাগৎপিবা ফবনি। থাগৎপিবা খরা যাউদ্রবদি মথংদা কন্নানা চুক্লি পাইবগনি। অফববু ফৈ হাযবিবা, মতিকচাবা মীওই মীশকপু ইকাই খুম্নবিবা থৌগল্লোন চংবগী চৎনবী অমা হৌদোকপা মখৌ তাই। মীতৈ মচাগী মনুংদা লৈপাক অসিগী সরকারগী/এনজিওগী অঙম অথৌ অচৌ অচৌবা ফমদা থবক তৌনবা য়াওরিবা অসি মণিপুরী হাযবা ফুরুপকী চাওথোকনিঙাইনি। ঐখোয়বু ইজ্জত হাপ্পিরিবা অচংবা মচাশিংনি। মখোয় খুন্নাই অসিগী চাওখ্রবা লন অমনি। ইজাতি খুন্নাযবু থাকরাংনা চাওখৎ খোংথাং পুখৎপা য়ানবা হোৎনবদা চাওথোকনিঙাই ওইরবা লনসিংবু ঐখোয়না তরাম্না পুশল্লকপগী য়াম্না মখৌ তারে।

## হান্নগী, হৌজিক্কী অমসুং ওইরক্কদবা খম্বরুবদা

অব্রাৎ অপা লৈনরমদে। ঙা চাক মবাং কাইবম্মী। ফৌ কোৎ চোন্নবম্মী। অব্রাৎ অপা লৈতনা নুঙাযনা লেন্নবম্মী অসি ব্রাবী লিদুনা তাহন্বা নৎতনা অতৈ কবিসু হাযনিঙাই লৈবকত্রে। মদুগী ওন্না তৈনবা ঙা-চাক তাংখ্রবা, চাক চবা অমা চানবা হোৎনবদা ফেব ফেব লাউনবা মতমনি হৌজিকসি। লোইনা মঙগুমখ্রে। হৌজিক হাওবে ক্রেম ক্রেম লাওবি হাযনা চানবিবা অসিসু ক্যামিক্যাল যাউবা পোৎঙাক ওইবম্মে। ঙা অতেকপনি খন্না কৈথেলদগী পুবকপা ঙাদুসু ফবমালিন (হ্ মখল অমা) তৈবা নত্তে হাযনা হাযবগী খুদোং চাবা লৈত্রে। তকৎ তকৎ তেকপা, যানশিনদবা পোৎ চৈ নত্তনা ফংবা ব্রানবকলে। অদুদগী হেল্লদুনা অনাবা লাযেংনবা হিদাক লানথকতা শেনদোং হেন্না ফংবগীতমক নৎতবা পোৎ যানশিনবিবে। অনাবা ফবদি লাইবদুনা অনাবা হেন্না লাইকন্নবে। থকননবা ইশিং, হিংননবা ইশিং থকপা যাবকত্রে। বিজ্ঞানগী মতেংনা মীগি পুন্সি শাংদোকনবে। কুইনা পুন্সিহল্লে হাযনবিবনি। অদুবু মীতৈ মনুংদা মশিগী কান্নবা শরুক অসিগী ব্রাফমদা খবদি তাইওন্নহনবগুম তৌই।

মীতৈ খুঙ্গংসিংদা অম্ভোকনা অহন ওইবশিং লৈবম্মী। চহী ৮০/৯০ শুবা অহনদি অতৈসু যামম্মি। অদু ওইববদি হান্নদগী হাযকববদি অহন লৈতবা নহাগী খুঙ্গংনি। হান্নগী অহনলমন ওইবশিং অম্ভোকনা মশা যাংনা লম্মী থোংদা চৎপা থেংনবম্মী। য়ুম অমদা ইপা পোকপা ইপুনা চিংবা ইপুধৌ-ইবেনধৌ লৈবা থেংনাবম্মী। মসি ইকুই কুইদ্রিবগী ব্রানি। চহি চামা লান্না হিংনবম্বসি ঐখোযগী শুরোনসিদা লাকপদা হেল্লবদা চহি ৭০দগী হেন্না উশিল্লকত্রে। চহি তবামুক্কী মনুংদা লৈনখিদবা অযাম্বনা চহি ৬০/৬৫ দগী হেল্লোয। কুইনা হিংবগী চাংসি নোংমা নোংমগী ব্রাৎশিল্লকলে। মসি চাকচা ওনথোবকপগীবা হাযনা খল্লি। মীতৈগী চিঙ্গাক লমসিগী অতোপ্পা কাংলুপনা কযা থোইনা চানবমদে। অদুবু মীতৈগী চিঙ্গাক শিদ হিদাক গুম্বা হকচাং কযাৎকী কানখ্রবা, হেন্না তেকখৎহন্বা মচং কযা যাউবম্মী অদুবু ঐখোযনা তবাই তবাই থাদোকখিবা অসিনা অনা অযেক হেল্লকপগী মবম ওইখি। চকযেন, চেংগুম, উযেন থোংবা অসিবু অতোপ্পা কাংবুনা হৈনবমদে-অদুবু মখোযনা থেংনা খংলকপা চকযেন, চেংগুম, উযেন হৌজিক নৌনা চাবা হৈনরকলি। ইবোনবা, শিংজুদা শিজিন্নবিবা তোনিংখোক, মযাংবা, ফকফাই, লৈখামান শম্না হাযববদা মীতৈ অহল লমন্না শিজিন্নবম্বা চিঙ্গাক পুনমক হাকচাংগী যাম্না কান্নবা ওইরম্মী। মীতৈগী চাকচাদা শিংথানিঙাই ওইবসি চমথোংনি। থাউ যাউদনা থোংবা হৈবগী টেকনিক মযামসিনা হকচাংদা কানবা হেলহল্লী অমসুং অনা অযেক ঙাকথোকহনবা ঙম্মি। মনা-মশিংসু চিংমানদগী তপ্পা তপ্পা মাংশিল্লকলে। নোংজু নুংশা মতম চাদবা মবম কযানা। খুল্লক লৈবকতা মবাং কাযনা হৌবম্বা মনা মশিং নোংমা নোংমগী লেপকং কংবা থেংনবক্রে। হান্নগী অচম অবাক থাদোকতুনা মতমগী চিঙ্গাক হৈনকবা কযামা কুইনা হিংনরকত্রে। অসিগুম্বা মওংসিদা শহবদা লৈনরিবা কাংবুশিংনা অহল লমন্না চানরম্বা চিঙ্গাক অযাম্বা চা যাদবা মীগি মমাংদা পুথোকপা যাদবা মথেলমনি খন্দুনা চাবা তোকনরকলে। কনা কানাগুম্বদি চাবা হঙ্গোযনবসু যাওনরিবনি। কানখ্রবা চিঙ্গাক অসি থাদোকতুনা ফাস্ট ফুড, ঙা, শা চাবদা লাযকননা অনা অযেক্কী মকোন থুহন্নবা ময়াম্মা যাউনরে।

মৈহৈরোনদগী শাগোন্ননা লাকলবা মীতৈগী মশাগী ওইনা লাইযেংবগী পথাপ পবৈ তোঙানজবা শরুক অমা ব্রানা হিংজবিবা মাইবা, মাইবী, কবিরাজ হাযনা খংনবা মতিক চাওখ্রবা শিনফম অসি মীতৈগী খুন্নাযদগী তপ্পা তপ্পা মাংশিল্লকলে। অনাবগী লাইওং

লাইশক পুকলি হেক পাইনা শুধবদা লাইওং হেক হলহম্বা ভম্মী। খেন যেংনা ওইখোকতবা অমবু হেকতমক ইশেঙ শেংনা হাইদোকপা ভম্বগী চাংযেং খেন যেংনবা অসিসু মাংথবকলে।

লাইতিনগী শউম ফংবা মীওই মীশক অমবু লাইগী মিংদা চাকথা পিবগা অনাবু অদুবু ফহনবা ভম্মিবা, উশিন পিদুনা কোকহম্বা ভম্বগী থৌদাং অসি অরামন থিদনা খবা হেক পিবা অদুনা লাযেংনবম্মী। মখোযদা অযাম্বদা মমিৎ কাবাম্ব থেংনদে। থাজবনবা, কিবনবা, চৎনবী ওইবনবা মতমদুদা শিবা যাবা অনা অযেক কযা কোকনখিবগী রাবী লৈ। হৌজিকতি মাইবা মাইবীনা লাযেংবা থেংনদবে। খুথেকতা অমা অনি লৈবা ওইববসু মতমগী চৎনবী ওইনা শেন থুম যাম্না তিংনবে। হৌজিকতি কযাসু থাজনবকত্রে।

অমবোমদনা হৌজিক্কী নহাবোল অযাম্বনা লাইবিক লাইশু তম্নবা কাংবুশিং থবক থানা পানবা কৌবনিনা ময়ুম মকৈ থাদোকতুনা নুপী অঙাং পুখৎতুনা শহবদা লৈনবে। মরম অদুনা মপা মমা অহনলমন খুল্লকতা লৈহৌবশিং মচা মমৌগী সেবা ফংনদবনা অযাম্বনি। মতমচানা লাযেংবা ভমদবা, হৈদাক লাংথক পিজবা ভমদবা মবম্না কবিসু লৈতবা অনাবনা মশা কেম্বা শিবসু যাউনবে। চুম্নগী অহনগী লৈনা ওইজবমগনি হাযনা লাইথোকতুনা মতম চানা লাইযেংখিদবা, কনাগুম্বা শেন থুম মবাং কাইদনা লাইযেং ভমদবা, অশিগুম্বা মবম কযানা খুল্লক্কী অহনশিং লমাখাংদা পুন্সি লোইনবসু যাউবিবনি। রাফম্না তাবদি অহন ওইবদি খবা চেকশিন্না যেংবিফম থোকপনি।

## হীরম নৈনবা (কেস স্টাডি)-১

*চহি ৬০ শুববা অহননি। খম্বা কৌই। মৌলভীবাজাব জেলাগী কমলগঞ্জ উপজেলাগীসু মনুং চম্বা মীতৈ খুঙ্গং অমগী বাবিনি। লৌউশিংউনা চাজবম্বা মীশক অমনি। হৌজিক অহন ওইবনা ভমদ্রে। মতৈ-মানাও অনিমকসু অহন ওইবে। মচা নিপা অনি নিপী অমা পোকচৈ। মচা নিপা অমা টেকনিক্যাল থবকশুনা নিপী অঙাং পুনা শহবদা লৈ। শেন থুম যাম্না হেন্না মবাং কাইজদে। তুংশম্বসু ভমদবা অদুগী মথক্তা মচা অনি কলেজ থাকতা লাইবিক লাইসু তম্বা লোইদুনা থবক অমা পাইখবে। মহাকসু নুপী অঙাং পুদুনা শহবমদা লৈখ্রে। মাক্কীসু মবাং কাইজদে। মচা নুপী অমনা চহি অনি মমাংদা খুঙ্গং অমদা প্রাইমাবীগি ওজা অমগা ময়ুম পানখ্রে। মচা পুনমকনা অহন ওইববা মপা মমাবু কাওদে - নিংশিংভি। অদুবু থবক্কী অচিম্বা কযানা শেনথুম মবাং কাইদবনা মপা-মমাবু মীকুপ অমগী যেংবা চৎপা ভমদে। মবক মবকতবুদি শেন থুম ইপি পিদবা নত্তে। অহন অনিগী মবাং কাইজৈ। মশাগী লৌবি ইংখোল খবসু লৈজৈ। নোংমা খম্বানা মচাশিং ছুটিদা ময়ুমদা লাকপা মতমদা পুক থিংকক থিংকক তৌই হাযনা নিজৈ। খুল্লককি ডাক্তাব অমা তান্নদুনা হৈদাক লাংথক খবা পিজনা যেংভি। চহি অমা খবা হেন্না কানববসু মথংদদি কানফম খংলকত্রে। অদুদগী মচা নিপা অতোম্বদুনা শহবদা পুদুনা ডাক্তাব যেংহল্লি। টেস্ট মযাম্মা তৌদুনা যেংবদা পুকতা ক্যান্সাবনি হাযবে। ডাক্তাবনা অসুম্না হাযবকখি - থা ৫/৬ মমাংদা যেংলম্মদি হৈদাক লাংথক পিজদুনা কোকপা যাবম্বনি অদুবু হৌজিকতি থেংথত্রবা কৌবনিনা অপারেশন নত্তনা উপায লৈতে। ডাক্তাবনা হাযরকপা মতুং ইন্না য়ুমগী লৌবি ইংখোল যোম্থোকতুনা চহি অমাবোম লৈববা মতুংদা লাই খুযাদা লানবা তাখিবম্মী। মপা লৈত্রবা কৌবনিনা মমাদু শহবদা পুথৎলকলে। অহন ওইরবা মমা শহরগী মীবৈ চাবৈদুগা চুনবা ভমদে, হৈনদবদা খম থেংভি। খুল্লকতা লৈজবম্বা য়ুম লৌবি ইংখোল লৈত্রে। মবি মতাংসু লাপথোকনখি।*

অসুম হাইনমক ওইনি হাযবগী ব্রা নত্তে। অহনসিং লৈবিবসিং যাবিমখৈ মতম চানা লায়েংবিদুনা করম হায়না লাই খুযা যৌহনবা যাই হাযবসি খম্বুবগী মতম লাকলমালে হাযবসি খল্লি। মসি মশা মশাদা থোকলোই হাযবা অককনবা লৈতে। মহৈ মশিংগী মতুং ইন্না নহাবোলসিং মপানদা থোকনখিবা যাউবনা খুল্লক লৈবকতা হৌজিক নহাবোল লৈনদ্রে। অহনসিং যাম্না ব্রানা লেন্নবে। মপানদা অযাম্বনা লৈনখ্রবা কৌবনিনা চেনচোংবা ঙম্বা ঙহাক্কী ঙাকথোক ঙাকশিন পুনমকতা অপম্বা ওইবকলে। মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা মীনসু উশিৎতনা তৌবা যাউনবকলে। মীগি থবক তৌবা কৌবনিনা নিঙকপদা চৎপা ঙম্বা হাযবদুসু থোকতবনিনা মপা মমা অহন লমনগী মনাকতা হেক লেপ্লুবসু ঙমনদে। অসিগুম্বা মওং মবম অসিনা কবি থোকলবা যাই হাযবদু খম্বুবা যাদবা মরম কযানা খবনি লৈবগা খুল্লকসিং শমজেৎ মযা অতেকপগুম হিংবদা ওহ্যোকনা ব্রারগদবা ফিবম উবা ফংঙি।

### হৌজিক্কি মণিপুরী খুন্নায়গি শেমিৎলোন কাইথরকলিবা অমসুং লৌরি শিংজা মাংতাকথরিকলবা মতাংদা মীৎয়েং অমা

মীতৈ অযাম্বনা লৌবী ইংখোল পিকশন্নবকলে। হান্নগী মবাং কাইনবম্বা ঙা চাক ব্রাৎতবগী ব্রাবীদু পুব্রারীদা তারে। খরা খবা লৈনবম্বা মপা মপুনা চিং হাযগাযনা লমতু থমম্বা অদুসু যোম্বুকনখ্রে। শহবদা লৈনবা কাংবুসু লমতু যোম্বুকনবগী মওংসি শহবদা লৈবা খংদে লব্রাইদা লৈবা খংদে চপ মানৈ, ইখেন খেনদে। মবম অদুনা শহরদসু, খুঙ্গংদসু লমতু লৈনবা পুংশোং শোংনদ্রে। হৌজিক্তি লমতুসি তাংবগিদি হিংনি, মীনা পাক লৈবগি ফিবমদা লৈতবে। হান্না লৈনবম্বা লমতু যোম্বুকনখিবনা মযুমমকৈ লৈনরকতবগী মওংসি চহি তবাগি মনুংদা মীতৈ ফুরুপচাগী ফিবম যামনা শাথিরবা যাই। হৌরক্কদবা শুবোনশিং যামনা ব্রানা লেম্বা যাই। ব্রাফমসি মযামনা করি হযনা খন্নবিগবা খংদে, খন্নফম থোকই। কনা কনাগুম্বদি খনবম্বসু যাই। মসিগী মতুংদা সাংগঠনশিংগু খবদি খনবিফম থোকই। লমতু লৈনবকতবা হাযবসি মশাগি হিংবদা অমসুং চাওখৎ খোংথাং খুদিংদা অপনবা কযা ওইরিবনি। মালেমসিদা মীওইবা কাংবুসি নোংমা নোংমাগি যামশিল্লৎকপনা লমতু চহি ১০গি মতুংদা শেন লৈববসু লম লৈগে হায়বদা ব্রানা থোক্কনি। বাংলাদেশতা মৌলভীবাজাব জেলাগী কমলগঞ্জ উপজেলাগী মনুং চনবা আদমপুববাজাবগী নাকযেৎতা পাঙল (মণিপুবী মুসলিম) কৌবা ফুরুপ অমা লৈ। মখোয়শিং সু নোম্বা কল্লি। শেমিৎলোন ফজনা খংঙি। পুন্সিনবগী ব্রাখন চেল্লি। লমতু লৈগনবা ঙমগল্লি। করি কবিগুম্বদা শেন থুম ব্রাবা মতমদা বাজাব তাবা মনকতা তাংনা লম যোম্বোকলগা লৌ উবা যাবা লবুক লমহাং লৈবা থেঙনৈ। হৌজিকতদি চাউখৎপা লম্বী থোং ফবগী মবমনা বাজাব মনাক্কী লমতুদি নোংমা নোংমগি তাংখৎলকলি। পাঙলশিংগি মনুংদা লমশিং অসি মখোযনা লৈবা যানবা হোৎনৈ। পাঙন নত্তবা অতৈদা লম যোম্বুকপদা অথিংবা থম্মি। মসিনা কনাবদি মখোযগি মনুংদা লম অসি লৈবা তাথি। মীতৈগিদনা মসিগুম্বা অথিংবা অমসুং লৈবা ঙমদবা মরমনা মীতৈগি মরকতা মীতৈগি লম লৈনদবে। ময়াংনা লোযনা চংশিল্লকলে। পাঙলগি লৌখৎলিবা স্টেপশিং ঐখোয়গি তমজনিঙাইনি।

### হীরম নৈনবা (কেস স্টাডি)-৩

*গীরেন, নীরেন, ধীরেন অমসুং সুরেন মখোয মচিনাও ৪নি। সিলেট শহরগিনি। শহরগি মীতৈ তাব লৈরক অমদা মপা-মতোন পুন্না লৈমিন্নে। মচিনাও মরিমক লোহোংখোংদংঙে।*

*মচা ২/৩ যাওনবে। অঙাংশিং স্কুল কলেজদা তমনরে। লইরিক লাইসু তম্বগি খরচা হুনবদা মপামপুগি লৌরি ইজ্যোল খরসু থাদোকখরে। লৈরিবা লম খবা অদুনা তুংদা মবাং কাযনা হিংবগি ৱা লৈতরে। অদুদগি লৈজরিবা লম খরদু যোম্ছোকলগা ফঙক্কদৌরিবা শেনথুম খরদুনা শহবগি মপান থোকনা আহোংবা লম খরা লৈবগা য়ুম মচা অমা শারগা অদুদগী আবেম্বা শেন খবনা মীগি তোনশিনবা শেন শিংদোকলগা হিংনবা হোৎনবা যাউনবে। অসুম হাযনা তৌনবা কাংবুশিং মরকতা ফরক তানবনা য়ুমসু শাহৌদা, অমসু ওইহৌদা ভাড়াদা লৈনবসু যাওনরে। ফগদবা হাযনা যোম্থকনবাবা কাংবুশিং শেনথুম নোংমা নোংমগি লোযশিল্লকপনা ৱাবগী থাকতা লৈনবে। ফগদবা হাযনা শিল্লরিবা পোবমশিং ফৎতবদি নত্তে, মক ওইনদি মীগি শেন তোনশনবদগনী।*

হৌজিক্তি সংস্থা কযাদগী শেন লৌনা শিজিন্নবগী খুদোং চাবা লৈবা অসিনা শেন খুদককি মবাং কাযহনবা লাই। তৌইগুম্বসুং শিনবা হৈতবদগী থোকলকপা ফবক অদুনা ৱাহনবা থেংনৈ। হিংবদা চংঙিবা মচাকশিং অমদি শেন থুম মমল লৈবকতবগী মবমনা মীতৈগী য়ুমথোং খুদিংদা শেৎচানবা লাংবদা যামনা ৱানৈ। মীতৈশিংনা পাযবিবা শিনফমশিংনা থোকলকইবা অমসুং তংলকইবা শেন থুমনা চা-থকনবা লাংবদা মারাঙ কাইজবা ঙমদে। অমবোমদনা হবাউ, কুমহৈ, শ্রাদ্ধকর্ম কুংবনা লুহোং খোংদোংবদা অউনপোৎ তিকপদা মচাশিং থাজা যোনজনবদা ফব ফব হাযনৈ। অসিগুম্বসিদা মীঙোনদগী শেন শকচনদবা ঙমদে। খুদোং চাবিঙৈদা কাংবু অমনা লমতু থাদোকপদু মখুৎ চন্নবা হোৎনৈ। কাংবু অমনা মবকতা শেনদোং চানবা হোৎনহৌই। সংগঠনগী মকোক মক ওইবা মীওইশিং লৈকাযগী নুংশিবিবা মীওইশিং শেনদোং তাল্লিবা মখোযগী মখুৎ মুখাযবিবা কনাসু চোংথোকপা থেংনাদে। অসিগুম্বা মওং অসি তৎতনা থোকলকইবনিনা চহি ১০গি মথাদদি সিলেট শহরগী মীতৈশিং লৈরিবাসিগী ফিভম ঢাকাগী তেজগাওদা মতম অমদা তারম্বগী মীতৈগী হৌজিক ওইরিবা ইতিহাসগী মওংদা তারগদ্রা হাযনা চিংনবকলে। মসিমকতি ওইহননিংদে।

**নহারোলগী মফমদা থমজরিবা আপিল**

লাইবিক তম্বা লোইশিনদ্রিবা নহারোলশিং অমদি লোয়না থোকনরকলিবাশিংগি মফমদা নিংশিংগদবা হাযববু- পুন্সিগী থাক ৱাংবা, পুনিংবা মাইকৈদা পুবা তাঙ্গদা লৈবা কৌবনিনা মচং ওইবা ৱারেপ লৌবগী চপচাবা তাংকক অমদা লৈবা মতমনি। অচুম্বা ফিবেপ কযা লৌবগী খুদোং চাবা মতমনি। মতমসিদা লৌবা ৱারেপতুনা পুন্সিগী ওইনা মামাই লৈদুনা পুবক্কদবা তাঙফমনি। নখোযগী ৱাখলদা ঐখোয়গী খুনাযদা চৎনবিবা পথাপসি চৎনদবা, অপুম্বা, মরম য়াওদবা তৌনা খল্লকপা মতমনি। আরাংবা সংস্কৃতিদা ৱাখল ঙাল্লবনা ঐখোয়গী মহৌশাগী চৎনবিবু মল্লে খম্বদা খনমম্বা ওইরোই। অহনলমনশিংনা পুগৈ চোন্না থমবিরম্বা খুনাইগী চৎনরোল মতমদুগী ওইনা খুদকতা শেমজিনবা পেত পেত মেৎলগা শাখিবদি নত্তে। য়ামনা শাংনা খন্ননৈনরগা পুথোরকপা মহৈ মরোংনি। মরমদি খুনাইগী চৎনরোলদা লৈরমলিবা মনুং হঞ্জন্না খল্লরগা অহোইনা ৱাহম্থোক লৈহনবা ঙম্বা বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদা ইম্থোকপিবা ঙমদবা, মচাতনা মনুং হঞ্জন্না সুগাইনা মচালানা লৈপ্রবঙাকনি। হায়রিবা চৎনরোল, হৌনরোল শুরোন কয়াদগী চৎনরকলবা অসি লাইরিক ওইনা ইথোকতুনা লৈরমদবনা হৌজিক্কি শুরোনশিংনা তরাই তরাই খনবগী ৱাতনি। মলেমগী আতৈ আতৈ কাংলুপসিংগী চৎনারোল অমসুং লাইনিং লিচথকি মতাংদা, বিজ্ঞানগী ওইবা য়ুমফমদা কদায়ফাও চেৎপগে খন্নানৈনরিবা মতম

অসিদা, হৌজিক শুবোনসিংনা পাযখৎকদবা থৌদাংদি মীতৈগী মৈহৈবোল থিবনী। মীতৈনা চৎনবিবা লোনচৎসিংদা লৈবিবা পাথাপসিং অহোকনা চংখল্লি,মচাক মবল মবাং কাইনা লৈজবম্মী। অতৈসু হনজিন্না থিবগা, হুমনা থিবিঙৈ ফজা ফজববা অমসুং বিজ্ঞানগা শাগোন্নবম্বা অসি ঙকনিংঙাইনি। ইশাবু ইশানা শেংনা খংবা ঙম্বা হাযবসি আতৈবুসু খংবনি। নহাবোল হৈশিংবশিংনা আতৈশু হেন্না খন্নানৈনবগা অফবা কযাগু থোকলকখিবা যাই। চৎনবোল পথাপসিদা লৈবিবা মচাক অসিবু চুম্না ব্রাহস্থোক পুথোকপিদনা লান্না অর্থ হনবিবা অসিনা ঐখোযগী চৎনবিবু চাং নেমহল্লি। মশাবু ইকপা লোইবে খম্বা হৈনবা নহাবোলশিং মলেমগি চাওযেং মীৎযেংদা পিকলবা ফুরুপ অমগী তুংদা কবি হাযনা ওল্লক্কদবা ফিবম অমসুং হৌজিক্কী মওং মতৌ চপচনা লেপচবা ঙম্বা অনিগী মবক্তা কবম্বা মওংদা তবগদবা হাযবসি যামনা ব্রানা থোকই। অওনবা অমা পুবকপা হাযবসে অপিকপা ফুরুপ ওইরুবনা মশাগী হৌনা লিচৎ ঙাকপদা অমসুং হিংহন্নবা হৎনবদা অপনবা কযা থেংনদুনা পন অদু লাম্হোকনবা হোৎনবা তাই। লবুক লমহাং ঈথৎতগি চেহ্নবকপা ইশিংনা তুবেল পাংনা চেহ্নবকপগুম মাক্কী হৌবকফম মাংদুনা অচৌবা ঈপাকতা তাখিবগুম ফুরুপ মচানা হিংবদগু অসিগুম্বসি ওইবিবনি। অদুবু থিংবা যাদ্রবা ইচেল ইথৎকুম ফুরুপ মচা ঐখোযগিসু অওনবা অমা পুবকফম থোকই। হৌজিক্তি আবাপ্পা অনকপা খাইদনা, লৈপাককী পন লাম্হোকতুনা মালেমগী মীশিংদা খুথেকনবি। মালেমগী মীশিং থিবদা মিঙ চনবা যানবা অমসুং হিংনবা হোৎনবদা চংঙিবা মচাকশিং মশাবু ইকচবা অমসুং অওনবা অমা পুবকপা তাবনি। অসিগুম্বা অওনবা পুবকপা ঙামননবা হোৎনবদা মশাগী ফিবেপ চম্বা তানবদা থাদোক থাজিন তৌগদবা মচাকশিং লৈবিবনি। থাদোক্কদবা মবমশিংদি,

- মযামনা ইযা-যানদনা মশাতনা যাবা, মশাতনা হৈবে, শিংঙে খনবা নত্রগা ঐঙোনদগী অহেনবা লৈতে হাযনা খম্বা। হাযবদি মশাগী থাক খংদবা।
- অমগী অফবা থবকপু অমনা থগৎপিদবা, মমল থম্বিদবা
- মশাগি ইবৈলৈজদনা অলৈবা মীগি অকেঅমৌ পামজবা অমসুং মতৌ তমবগী হোৎনজবা।
- মশাগী অশোইবা মেন্খৎপগী মতাংদা কনাগুমবগী পাওতাক লৌনিংদবা
- খাংবা কনদবা, অহৈঅশিংবু মতিক চাবা মমল পিবিদবা।

ইশাগী চৎনবিগী ব্রাংমদা লৈবিবা অতৈ ফুরুপকী কাংবুগসু চৎনতিন্নদুনা বুদ্ধিলৌশিং আব্রাৎপা শরুক যাবিনবা ফৈ। মরুপ মপাংগা তিন্নবগা, ব্রাবী শানবগা জ্ঞান শানদোক্কদবা মতাংদা ঙম শানগদবা মীওই যেংনা তিন্নগদবা। হিংবদা চংঙিবা মচাকশিং অসিদা মরু ওইবিবসি শ্বর মবাং কাযনা হোনবনি। যুম অমগী মীহুৎ থোং মরাং কায়না ফাৎপশিসু নুংশিৎ নুংশা চংনা শ্বর হোম্বা নুঙাইনবনি। করিগুম্বদা মীহুৎ থোংদা অপুম অশাগী মনম নত্রগা তিনকাং চঙকতনবা থোঙ থিংজিন্নে। তিনকাং চঙকপা ঙমদনবা কনাগুম্বনা থোংবা অমসুং মীহুৎ থোংদা নেট শিজিনৈ। মদু চেকশিনবগী খুদমনি। মরুপ মপাং তিন্নবদসু অদুমনা চেকশিনবা ফৈ। চেকশিলহৌদবা মরম্না লান্না থাঙবা খোঙফম অদু হন্‌জিল্লকপা ঙমদদুনা মঙান লৈজব্রবা নহারোল কযাতা য়ানিংদা য়ানিংদা ফীরেপ মাঙখিবা কয়াতা থেংনরে। অসি ঐখোয়গী ইজাতিগী মহাম তাবনি।

## হিরম নৈনবা (কেস স্টাডি)-৪

*সনাচাওবী অঙাং ওইরিঙৈদগী লুচান্না হৌরকপা। চাবা থকপা ৱাৎতবা ইমুংগী মচা নুপীনী। মপা মচা মচিন মনাওশিংনা লুনা তৌনৈ। অমসুং নুপী অমত্তা যাউবনিনা মাকপু মযাম পুম্নমকনা থাজবা লৈ। ইমুং মনুং পুনমক্কী মথক্তা মাক্কীসু থাজবা লৈ। খুন লৈকাইগী থবক থনা পুম্নমক মাক ইচিংতা চিথদে। ইমুং মনুংগী মী মযামসু মমিংতা লাইরকি লাইশু উবাঙাক ওইবনা ওন্নাতৈনবা কাবন চৎপা মীৎযেং থমদে। অফবা মীৎযেংদা যেংবা হৈনৈ। অদুনা চৎথোক খোৎথোকপদা অপম্বা ওইদে। স্কুল কলেজ কাবদা অমসুং মকপ মপাংগা তিনন্নবা মখোযগী মতেং ফংঙি। নোংমদি মবুপ মপাং মযাম অথাপ্পা মফমদা কোইবগী চৎলম্মী। হবাও তযাম্না নোক খেবগী ক্ষেনবাম অদুবু নিংশিংবগী খুদম ওইনা ফটো কযা কাপখি। অসুম তিন্না খোৎনবগী মনুংদা শামু কৌবা অমগা যাম্না হেন্না নকশিন্নবগী খুদোং চাবা অমদা থম্মোযদা থুক লাউখিবা অমা ফাওবকখি। শামুদি মীতৈ মচা নৎলমদে বাঙালী মচানি। মাক্কদি লৌন নৈনবসু ওইথোকতে। অমবোমদনা মজাতিবু নুংশিজবা খুন লৈকাইবু নুংশিবজবা ফাওবা নুপীচানি। সনাচাওবীগী তত্তপ তত্তপ যেংবা, মওং শাওং উবদা শামুনা শহবগী কফি হাউস, অপিকপা মফমদা ফমদুনা ৱাবী শাদুনা মতম লেম্বা হৈনবী ওইনা তৌবকখি। শামুনা সনাচাওবীবু তাঞ্জা চাবা অমা যেংলগা হাযবম্মী - নঙগা যাম্না লুববা ৱাবী অমা শাদবা যাদে। সনাচাওবী নঙ ঐখোযগী ফ্ল্যাটতা লাকতবা যাদে হাযনা লৌনম তৌদুনা হাযবম্মী। সনাচাওবী যাম্না যুন্না খস্থবগা চৎফম থোকতে খন্না চৎখিদে। মবম অদুনা শামু ৱাবৌখি অমসুং মকপ মপাং কাইনখি। সনাচাওবী কবি তৌগদবা মখা তাথবা ঙমখিদে। অমুকসু খল্লকখি অসুক কুইনা মকতনা তিনবকখিবা মরুপ মপিজা কাইনবা হাইবদু থোকহ্লবোইবে। কাইনবগী মহুত্তা শামুগী মযুমদা চৎনা চমথোকনবগা ৱাবী শাদুনা যেংঙুগে খন্না চৎতুনা ফংননা নুঙাযতবা পুনমক লিদুনা খংহল্লী, তাহল্লি। সনাচাওবীনা শামুদা খংনিংদুনা হংখি- কবিগিনো নঙনা ঐঙোন্দা লাকউ হাযনা হাযবদি - শামুনা খুদক্তা খংহৌদনা সনাচাওবীবু তপ্না তপ্না কোনশিনখি, চুপখি, অদুদগী তপ্না তপ্না নানথবিখি। ইকাই নুংশি যানখিদুনা মমাই ইচপমুক ঙাংখি অমসুং তুমিন্না হল্লকখি, সনাচাওবী অতৈ অমুক শামুগা উনগে খনখিদে। শামুসু হান্নত্তম লাকখিদ্রে। মতম খবনি হৌখিবা মতুংদা নোংমা সনাচাওবীগি মোবাইলদা ফাওবকখি অদুবু থাংগৎখিদে। শামু অতৈ ফোন ফাওবকখিদ্রে। সনাচাওবীসু থৌদোক অদুগী তুকৎচবনে, কাওখোকপা তম্মে। সনাচাওবী শামুনা অদুম হাযনা তৌবক্কনি হাযবা থাজবমদে। নোংমদি অমুক সনাচাওবীবু মতোমতা ফংনক্ববা মতমদা শামুনা মখুৎ পাইনা হেকতা চিংবোই ফাবোই তৌই। শামুনা মাক্কী পকেট খাউদগী ফটো মযাম পুথোবকতুনা উহল্লী নঙনা কবিতম্বদা যানিংদবা ফোংদোকপা তাববসু নঙগী খুন লৈকাইদা ফটো মযামসি উহনগনি। সনাচাওবী ঙাকচানখি, কবিনো তৌবিবসে উবিবা ফটো মযামসি খুন লৈকাইদা উনবা তাবদি অতৈ মখা তানিঙাই, হাযনিঙাই লৈতে। হাযনিঙাই লৈরোইদবা লঙজক্কবগী থবক অসিনা খংনা খংনা শামুগী তুং ইনখি । মযাং ইমুংগী মীশিং, মবি মতানসু সনাচাওবীবুসু ফনা লৌখিদে। শাগৈ নাতৈ যোন্না, থাদোকতুনা লাকপা মীবুদি কবম্বা মীনা ফনা খনগনি। মযাংনসু ফনা খনখিদে - মীতৈনসু খনখিদে। মাইকৈ অনিগী অকাবা ওইখিদে। সনাচাওবী মাস্টার্সনি। সবকাবগী থবক অমসু মতিক চানা তৌবিবনি। মযাং মচা শামু সংস্থা অমদা থবক তৌই। লাইবিক লাইত্তদসু চাং তাবা মযাং নিপামনি।*

## হীরম নৈনবা (কেস স্টাডি)-৫

*চাওবা খুল্লক্কী মচানি। যাম্না চাওনা থবক পাইরি। শহরসিদা মাল্টি ন্যাশনাল কোম্পানী অমদা তলব চাওনা চাবি। ছুটিদা খুল্লকতা চৎলি অহল লমন মমা মপা যেংবগীতমক। হৌজিকতি নুপী অঙাং পুখৎতুনা শহরদা লৈবে। অহল লমন লৈখিদ্রে। খুল্লকতসু চৎদ্রে। খুল্লকতা কনাসু লৈত্রবনিনা চৎলুনসু নুঙাইনিঙাই লৈতবা মবমনা চৎতবনি। চাওবা হৌজিক হান্নগুম নত্রে শহরদা মচু তানা হিংবা হৈনখ্রে। খুল্লক লৈবকতা কয়া চৎত্রবা কৌবনিনা অঙাংশিংসু মশাবু মযাং মচাবা হায়না মশানা খম্বা হৈনগৎলকলে। মীতৈরোল ঙাংবা খোইরে। মীতৈগী চৎনবী খংদ্রে। মচা নুপী অহুমসি মীতৈবোললনা ঙাংনবদা ভাব তানবগী য়াসি খনবিরুব্বনু। কনাগুম্বনা মীতৈনি হায়না মীতৈবোললনা ঙাঙুবা তাবসু হন্দোকনা তাকপা তাববা অদুগী থাকতনি লৈবিসে। মশানা মখোয়সি মীতৈনি হায়বদা ইকায়বা পোকলবা মশাবু মশানা লোৎচবদা য়াজববনি। লুহোং খোংদোংবা মতিক চাববা লাইবিক লাইসুদসু য়াত্রবা অদুবু মীতৈ মচা কনাঅমত্তনা মখোয়বু খংবসু লৈত্রে। শিংথাবসু শিংথানদে। মবমদি মীতৈগী ওইবা কুমৈ ফিওং, চাকচাহৈজানবদা যাওদবা কৌবনিনা কনানসু মখোইবু খংবিদে। মপা ইবুঙো চাওবা মকোক শারে। থাজ যোনজবা যাববা মতমসিদা কনাগুম্বনা নিংশিংলদবা অমসুং মাকনসু নাপন তৌজকব্বা, পুনমকনা অহোয়না মকোক শাবে। অসোমদনা থবক (চাকুবী) লোইশিল্লকলে, এলপিআর যোশিল্লকলে। অসুম খল্লুরগা শহবগী মনাক নক্লা লৈবা মীতৈ তাবা পাড়া অমদা ভাড়া লৈবগী য়াখল খল্লকলে। মতম কুইনা মীতৈ চৎনবোলগী য়াংমদা মযাং মতৌ তম্নতা লৈবকলবা অঙাংশিং অদু মীতৈগী চৎনবি অদু চুশিম্বা ঙমলমদে। মীতৈবোল ঙাংলে নোকনিংবা, মখোয়না তৌবিবা মওংসিংদু লোইনা তাইওন্নবা পুম্নিমদা হিংলুবনি হায়বদু মতম লোযবগা জ্ঞান তাবকখি।*

হৌজিকতি মতমসি মতম্মনি। কম্পিউটার শিজিন্নবা হৈবা অঙাংশিং মবাং কাই। যুমদা ফম ফমনা ওয়েব সাইড-তা মালেম শিন্না মরি থমনবা যাই। কবিনো কম্পিউটারসিনা যাদ্রিবা থবকসি। ইযাতা যাই। ওয়েব সাইডতা থোকলিবা ফেসবুকনা চিংবা শিজন্নবগী খুদোং চাবা পিবিবা অসি অখণ্ড অহৈগী মফমদসু য়াফমসি জ্ঞানমেন তাহন্দ্রি। কম্পিউটার শিজিন্নরিবা মীওইদুনা ফনা খংহৈবে হায়না শিজিন্নবা তাবসু মফম খরদি অদুমক করিনো অমদি ইশেং শেংদবা মরম লৈবা তৌনা তৌই। কম্পিউটার আপলোড তৌবগী মতাংদা কনাগুম্বনা খুৎলোইবা য়াৎপদগী অহৈবা মীওই অমবু পাসওয়ার্ড শিজন্নবগী অযাবা পিথোকলুবা মখাদা ওইরকখিবা তাইওন্নবা কয়া - শেমজিন শাজিন্দুনা ওনথোক ওনশিন তৌদুনা অহ্নোকনা অৱাবা থেংনবা যাওনরে। মরম অমনা মোবাইল ফোন শিজিন্নবা নিপীচাশিংনা মোবাইল শিজিন্নরিবা মওং অসি চিংনদবা ঙম্বগী য়াফম লৈতে। য়াম্না তিংনা ইচম চম্না খম্বকপগী মরম উদে। হেক পাইখৎলুবদা নুংশি নুংশি হায়না নোংমা কাইদনা হায়শিল্লকলবদা করি তৌনিঙাই লৈ। সীম ওনথোক্লেমকঙাই। থম্মোইদি ওহ্নোকপা হেক য়াগদবা মান্দে। মোবাইলগী হ্যালো হ্যালোদুদগী পুক্লিং চরাংনবা থোকনখিবা য়াম্না য়াউনরে। চেকশিম্বা ফৈ। ইমুংগী অহনশিংনা শিজিন্নরিবা ফোন অমদা যারিমখৈ অদুমক পুন্না শিজিন্নবা ফৈ। য়াফম অমনা কুমৈ ফিওংমা থোকলদি কুৎ য়োৎথবগা ঙাওশিন্নবগী চৎনবী অসিসু থাদোকনবা ফৈ (কুৎ য়োৎথবা য়ু থকপা)। অঙম অথৌ, অচৌ অশাং, নিংথৌ, নিংথৌ মচাশিংনা শিজিন্নবা জীব সঞ্জিবনী ওইবা কুৎ য়োৎথবী (য়ু থকপা) অসি চৎনরিবনি। অহ্নোকনা লেম্না, শেন চংনা থক চানরিবা অসিবু মীচম ঐখোয়না ঙম্নবা চিনজাক অসিবু লুখ্রাবী মমাংদা, মীগী

য়েনখা-যেংখুন, ব্রাবক-উবকতা নমথিত্রবা অদুবু চবমদা যোৎথবগা ঐমক ঙাইবে খল্লিবা মখোযগীতমক নুঙাইবিদে। সমাজপু মখোযগী য়ুথক চকচানা চাং হন্থহল্লি, মসিসু সমাজতা তৌনদবনা ফৈ।

**মীতৈশিংনা হিংবদা থেংনেরিবা অপনবা ময়াম**

চহি ৫/৬ সিগী মনুংদা অমসুং মমাংদা সমাজপু নুংশিজবা মজাতিবু সেবা তৌগনী ব্রাখলদা চোংথোকনবকখিবা সংস্থা কযা উবা ফংঙি। চাননা অথিননা, অককনবা মশিং হাযবা ঙমদ্রবসু লৈবক খুদিং, খুঙ্গং খুদিংদা পিকপা চাওবা সংস্থা কযা লিঙখৎনবী। ব্রাবেপ ব্রাশক লৌদুনা অফবা থবক পাইখৎকনি অসিঙাকনি। তৌথোবকপদি ব্রাকাই ওইবা, খুন লৈকাই হেকতমক মহি লাংনৈ। পনবা যাবা ব্রাফম অমনা সমাজকীনি হাযনা শুনবিবা সংগঠনশিংদা খত্থেকপা চম্বা সংগঠন অমা/অনিদি মবম চুম্না থবক পাযখৎপা অমদি শুবা থেংনৈ। তৌইগুমসুং লিতাং চুম্বা হাযবদুদি ওইদ্রিমানে হাযনা খল্লি। শুবিবা অমসুং পাযখৎলিবা থবকসিং অদুসু খুদকত্তা পাইবক্কী ওইবা তৌদবা যাদবা থবক খরা শুবগা হেকতমক পোৎথানৈ। হৌজিকসিদা কুপনা যেংশিনবদফাউ শোইগে তৌনবিবা মতমসিদা খোংথাং শোইবা থবকসিংদা কবিনো ওইগদবা? মবম চাদনা পাইখৎপা থবকসিংনা পাংথোক্কনি হাযবসি যামনা ব্রানা থোকপা ব্রাফমনি। সংগঠনসিংনা সমাজকী, ইজাতিগী থবক পাইখৎপা মতমদা যাম্না চেকশিনবিবা দবকাব তাবনি। থবক অমবু মচু তানা পাইখৎকে খন্না শুবিগদবা ওইববদি মরম অদুবু মচা তনা খাইদোকপিবগা অহান অকোন নাইনা, পাথাপ নাইনা পাংথোকতনদি মাই পাকপগী ব্রা লৈতে। পাথাপ নাইনা পাইখৎতবা থবকসিংনা অমসুং মবম অদুবু শেংনা খংদবা হাইবসি কৈদৌনুংদসু মওং তাবগী ব্রা লৈতে। মবম অদুনা পাইখৎকদবা থবক অদু কবি ওইফম থোকই অমসুং তুংদা কবি ওইবকপা যাই পুম্নমক নৈনবগা চাওখৎ খোংথাংগী লম্বীদা কুমথবনা হেন্না হেন্না অফবা পুবক্কনি হাযবসে থাজবা থম্মি। মলেমসিদা লৈজবিবা পিকলা পিকলবা ফুকপসিং অঙোকপা লক্রি অমদা হিংনবিবনি। হিংলি হাযনা হিংলিবা অমসুং লেনশিন্নবা হিংনবিবনি। মীতৈশিংসু হান্না ঐখোযনা উবম্বা মওং অমত্তা লৈনবকত্রবনি। মাইকৈ পুনমকতগী নমহৎপগী শায়ুম অমনা নমথবকপা দৌনা তৌরবনি। মীতৈশিংনা মশা ফন্না হিংবা ঙমজদবা অসিগী মবম অসি চওবাপনা উবদা ঐখোযগী মনুংদা অমগা অমগা মেন তানদবা, উংখৎনবা, পন্খৈ তানবা, নমফুদা লোইশিনবা অসি মবম অমা ওইহনবা যাই। মবম অমনা মাপানগা থেংনবা ঙমদবা, নত্রগা চানচুননা ঙাকখোকপা ঙমদবা অমসুং মখোযগী খুদোং চাবা লৌবা ঙমদবা ওইবা য়াই হাযনা খল্লি। মক ওইনদি- ঐখোযগী মনুংদা নিঙাই তানদুনা মশা মশানা থোকপা চাওবী তানবা অসিনি। মীপুম খুদিংনা মশাবু চাওযি হাযনা খন্নরবদি অসি সমাজকী ওইনা ব্রাবগী মওংনি। অসিবু কনানা বিচাব শাবিনি। অসিগী মতাংদা পঙ্গনিংবা ব্রাহৈ খরদং মখাদা থাংগৎচবি ঃ

- অনৌবা ধর্মদা লুপচবা কাংবুশিংগী নমফু শাফু অমনা লাকশিন্নবা হোৎনবকপা/সমাজতা অকাযবা পুবকপা।
- লাই হাকতকতগী লেংদনা চৎথবকলিবা হৌনা লীচৎ নোংমা নোংমগী মযাই চমথরকলি অমসুং মশাগী ওইবা ফিরেপ নাইরকতবা।
- সংগঠনশিংনা পাইখৎলিবা থবকশিং অমগা অমগা তুশিন্নবা যাদবা অমসুং মমল পিনদবা।

- মতিকচাবা লুচিংবা থোকলকতবা অমসুং মশাগী থৌদাং মশক খংদবা।
- মচিন মরৈদি নানবা তৌথোবকপদি তাযোন্নবা ।
- লৈপাক রাযেল (বাজনীতি) খংবগী চাং রাৎপা।
- অনৌবা লুচিংবা থোকনবকতবা।
- শেনজা থুমজা নোংমা নোংমগী রাথবকপা।
- অনৌবা শুবোনসিং মহৈ মশিং থবক তম্বগীদমক শহব পাংনখিবা খুল্লকতা নহাবোল লৈনদবা অমসুং খুল্লকী থৌদোক রাথোকতা ফিবেপ তাবা ঙমনদবা।
- খুল্লকতা নহাবোল লৈনদবা নাক যেৎতা তাবিবা অতৈ অতৈশিংনা উশিৎ থৌওইদনা তৌনবকপা অমসুং অকনবা শিংনবকপা যাউনবকপা।
- চৎনবিগী রাংমদা লৈপাক ফালুনা অযাবা পিশন্দুনা মীতৈগা হাওগা/নিংথেম মচাগা লেমনাইগা লুহোং খোংদোংবগী অযাবা যাথং পিথোকপা। মযাঙ অমসুং অতোপ্পা ফুরুপ অমদা মযুম পানখিবা নিঙোলগা মবি থমনবা।
- সমাজকী লুচিং মৈবা ওইবিবা সংস্থানশিংনা তুংদা কবি ওইবক্কনি খন্থবিদবা।
- পনজখিবা মবম খিবিকশিং অসি পংহাই হাইশিম্বা ওইরবসু মবম খবদি অচুম্বা যাওবিবনি। হাইদোকপদা থৌগলোন কাইখিদুনা মবম অদুবু অর্থ চেলহনদবদি খংদে। মসি সমাজ অসিদা খোঙ-তোন যোমশিল্লকলবনি। মসিদগী কবি হাযনা কোকপা যাগনি হাযবদি অমুক্ত খন্থদুনা যেংশি।

- **হৌজিক্কি মীৎয়েংদা Recommendation খরা**
- খুন্নাই অসিবু চাওখৎ খোংথাংদা পুখৎপগীদমক ওইথোকপা যাবা মওংদা খবনি মনুংদা পাংথোকপা যাবা পাথাপ অমা পাইখৎপা অমনা চহি অমা/অনি চংনা শুবগা পাংথোকপা যাগদবা থবক তোঙান তোঙান খাইদোকলগা পাইখৎনবা হোৎনবা।
- সংগঠন অমনা মবিক চুম্না শুজবিবা থবক অদো সংগঠন অমনসু থবক অদু শিংনবগী মওংদা পাইদবা ফৈ। পাইখৎকদবা থবকশিং ফজনা যাথোকপিবগা শুবিবা।
- লুচিংবিগদবা মীওই খবদি পাইখৎকদবা চাওখৎ খোংথাং অদুগী হীবমদা অখং অহৈ খবগা তান্না তিন্নদুনা পাবা খবা লৌনা খুৎ লোইনবা হোৎনবনা চুম্মী। লাইবিক যাম্না হৈবঙাকনা ওইনি হাইবা লৈতে মবম অদুবু শুগাইনা খংবা মী অমনা ইবাই লাইনা পাংথোকপা ঙমগল্লী। থবক অমা পাংথোকপা হীবম অদুগী প্যাবা লৌনা তম্মুবা মীওই অদুগা পাবা যাউদবা অদুগা শুকমান মান্নবোই।
- সমাজকী থবক শুমিন্নবিবা লুচিংবশিংগা রাখল, পুখল, লিংজেল মান্ননা চাওখৎ খোংথাংগী থবক খুদিংদা শরুক যামিন্নবা।
- ইপা ইপুশিংনা থম্বীবমলিবা হৌন লীচৎ অসিবু অতৈসু মথৌ হাপ্পিনবা মযাম চংনা অপুম্বা য়ুফম অমা লিংখৎপা। মসিবু কবি হায়না ঙাকপা যাই হাইবগী রাখল্লোন পুথোকপিবা।
- শেনজা থুমজা ফগৎহন্নবা সংগঠনশিংনা কবম্বা প্রোজেক্ট পাইখৎপা যাই হাযবসু য়েংশিনবা।

- মীতৈগী খুল্লকশিং শমজেৎ মযা অতেকপগুম ওইবিবা অসি কবম্না শেমগৎ শাগৎপা যাগদবা যেংশিনবিবা।
- সবকাবগী থোংদা সমাজকী অৱাৎ অপা থাংগৎনবা অকম্বা মীহুৎ অমা শেমদুনা থাগৎনবা হোৎনবা।
- বাংলাদেশতা পোকচবা মীতৈ মচা অমা ওইনা পোংনা হিংবা যাবগী মওংদা লৈপাক অসিগী থৌবমশিং বাজনীতিগী ইচেল খুদিংদা শক্কক যানবা হোৎনবা অমসুং সমাজকী কান্নবা শককশিং রাজনীতিগী মীৎযেংদা পুশিন্নবা হোৎনবা।
- অনৌবা *লুচিংবা নহারোল* মতিক চাবা কাংবুশিংগী মনুংদা পুরকনবা হোৎনবিবা। হৌজিক্কি অনৌবা শুবোনতনা মখাতানা লুচিংবগী থবক অসি পাইববা মতমদা ফিবেপ অমা পুবকপা ঙমলবা যাই হাযনা থাজবা থম্মি।

বাংলাদেশকী মণিপুরী খুন্নাযদা হৌজিক-হৌজিক চযেৎননা লৈবিবা প্রবলেম কাযদংসিদগী মাইপাকনা থোক্লকপগিদমক থমজবিবা ৱাফম কযাদংসিনা আরোইবা নত্তে। চাউখৎ খোঙথাংগীদমক থৱাইচংনা লুচিংবিবিবা মাযচৌ- কযাদংদসু মাযোক্লবিবা প্রবলেমশিংসিগী ওভাবকাম তৌবগী মবম কযাদং শোযদনা লৈবিবমগনি। খুন্নাইগী ওইবা ৱাফমসিদা অপুনবা ফিৱেপ অমদা তৌফম থোকপা থৌদাং কযাদং চৎথবদা অপনবা লৈবোই হাইবা অচেৎপা থাজবা থমজবগা লোযননা লোইশিনজবি।

# লেখক পরিচিতি



লক্ষীকান্ত সিংহ মৌলভীবাজার জেলার কমলগঞ্জ উপজেলার গঙ্গানগর গ্রামে ১৯৬৮ সালের ২১শে আগস্ট একটি সাধারণ মণিপুরী পরিবারে জন্মগ্রহণ করেন। পিতা শ্রী গোলাপচাঁন সিংহ এবং মাতা শ্রীমতি রূপকন্যা দেবীর ৩ ছেলে ও এক মেয়ের মধ্যে তিনি সবার বড়। তার লেখাপড়ার হাতেখড়ি ভান্ডারীগাঁও সরকারী প্রাথমিক বিদ্যালয় থেকে। পরে তিনি চট্টগ্রাম বিশ্ববিদ্যালয়ের লোক প্রশাসন বিভাগ থেকে ১৯৯৬ সালে সম্মানসহ মাস্টার্স ডিগ্রী সমাপ্ত করেন। তিনি ছাত্রাবস্থায় অনিয়মিতভাবে বিভিন্ন দৈনিকে বিভিন্ন বিষয় নিয়ে লেখালেখি করলেও পরে চাকুরী জীবনে এসে তা আব অব্যাহত রাখতে পারেন নি। শিক্ষাজীবন শেষে তিনি বিভিন্ন বেসরকারী প্রতিষ্ঠানসমূহে বিভিন্ন প্রকল্প নিয়ে কাজ করার পর ২০০৩ সালে এথনিক কমিউনিটি ডেভেলপমেন্ট অর্গানাইজেশন (একডো) নামে একটি বেসরকারী প্রতিষ্ঠান প্রতিষ্ঠা করেন। বর্তমানে তিনি এ প্রতিষ্ঠানের নির্বাহী পরিচালক হিসেবে কর্মরত। তাছাড়া তিনি শাহজালাল বিজ্ঞান ও প্রযুক্তি বিশ্ববিদ্যালয়ের সমাজকর্ম বিভাগের সহযোগী অধ্যাপক ড ফয়সল আহমেদের সাথে যৌথভাবে বাংলাদেশে বসবাসরত মণিপুরীদের উপর *State of the Rural Manipuris in Bangladesh* শিরোনামে বাংলাদেশের প্রেক্ষাপটে প্রথম একটি গবেষণা গ্রন্থ প্রকাশ করেন। বিগত ২০০৫ সাল থেকে তিনি তার পবিচালিত বেসবকাবী প্রতিষ্ঠানটির পক্ষ থেকে *Annual Review of Ethnic Affairs* শিরোনামে একটি জার্নালেব নির্বাহী সম্পাদকেব দায়িত্বও পালন করে যাচ্ছেন। উল্লেখ্য যে, বর্তমানে জার্নালটি ISSN প্রাপ্ত হযে একটি আন্তর্জাতিক জার্নাল হিসেবে প্রতিবছব ৯ই আগস্ট বিশ্ব আদিবাসী দিবস উপলক্ষে নিযমিতভাবে প্রকাশিত হচ্ছে। তিনি তার পেশাগত কাজে এবং মানবাধিকারসহ বিভিন্ন বিষযে প্রশিক্ষণের জন্য ইতোমধ্যে নেপাল, ভারত এবং ইন্দোনেশিয়া ভ্রমণ করেছেন। তিনি বর্তমানে বিভিন্ন সুশীল সমাজেব সংগঠনেব সাথেও সক্রিয়ভাবে জড়িত রয়েছেন। উল্লেখ্য, ব্যক্তিগত জীবনে তিনি বিবাহিত এবং তাব স্ত্রী শিবানী একটি বহুজাতিক প্রতিষ্ঠানে কর্মকর্তা হিসেবে কর্মরত। বিবাহিত জীবনে তিনি শৈলী, শ্রাবণী এবং শ্রেযা নামে তিন কন্যা সন্তানেব গর্বিত পিতা।

## অইবা শক তাকপা

বাংলাদেশকী মৌলভীবাজাব জেলাগী কমলগঞ্জ উপজেলাগী মনুংচনবা গঙ্গানগব খুঙ্গংদা থৌনাওজম লক্ষীকান্ত ১৯৬৮ খ্রিঃ গী আগস্ট তাং ২১ দা পোকপনি। থৌনাওজম শ্রীযুক্ত গোলাপচাঁন সিংহ মাক্কী মপাবুংনি। শ্রীমতি রূপকন্যা দেবী নাওকোনবী মমানি। নিপা অহুমগী মনুংদা মাকনা অহননি। মচন নুপী অমত্তনি। ভান্ডাবীগাঁও সবকারী প্রাইমারী স্কুলদা লাইবিক তম্বা হৌখি। মতুংদা বাংলাদেশকী চট্টগ্রাম ইউনিভার্সিটিদগী ১৯৯৬ খ্রিঃ দা *Public Administration Department* দগী অনার্স য়াওনা মাস্টার্স লোইখি। ইবা খোৎপা হৈনবী অমদি লৈরম্মী অদুবু খুৎ লোইনা হোৎনখিদে। *NGO* সংস্থান কয়াদা থবক যাওকই মখাদদি মশামকনা হোৎনদুনা প্রোজেক্ট কযা লৌথদুনা ২০০৩ দা *Ethnic Community Development Organization (ECDO)* কৌবা *NGO* সংস্থান অমা লিংখৎলি। মহাক হৌজিক সংস্থান অদুগী *Executive Director* ওইনা থবক পুরি। মীতৈগী মথক্তা নৈনদুনা *State of the Rural Manipuris in Bangladesh* কৌবা *Shahjalal University of Science and Technology Sylhet* গী *Social Work Department* গী এসোসিয়েট প্রফেসার ড. ফয়সল আহমেদ কা মাক্কা পুন্না গবেষণা তৌদুনা ফোংখি। অমসুং লাইরিক অদু মীয়ামনা য়ামনা থাগৎনৈ। সংস্থান অসিদা ২০০৫ খ্রিঃ দগী *Annual Review of Ethnic Affairs* কৌবা ইন্টারন্যাশনাল জার্নাল অমা মহাকনা চিফ এডিটর ওইনা পুথোকই। জার্নালশিং অসি ISSN ফংবা থাক্তিক্তাকনী। চহি খুদিংগী আগস্টকী তাং ৯দা ওয়ার্ল্ড ইন্ডিজেনাস ডে গা মবি লৈননা হায়রিবা জার্নালশিং অসি লেপতনা ফোংদুনা লাকই। *International Human Rights* কী মথকতা সেমিনার, সিম্পোজিয়াম অমসুং মরি লৈনবা কোর্স কয়া তৌবগীতমক নেপাল, ভারত অমসুং ইন্দোনেশিয়াদা শরুক য়ারুই। অর্গানাইজেশনগা মরি লৈনবা মীওই মীশক অমা ওইবনিনা সংগঠন অয়াম্বগা খুৎ শমননা থবক কয়াদা শেয়ার তৌমিন্নবা থেংনৈ। য়ুম পানমিনরিবা মাক্কী লোইনবী শিবানীসু *Political Science* তা মাস্টার্সনি। মাকতি মাল্টিন্যাশনাল কোম্পানী অমদা অফিসার ওইনা থবক তৌরী। মচা নুপী শৈলী, শ্রাবণী, শ্রেয়া নোক খেনতা লৈবা হৈনবা মতমনি।